[illegible]

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

অইবা:

তোন্‌জাও মৈদিংঙু





থুমখোং লাইবেম্বী ইবাৎ থৌগল লুপ

ৱাংজিং, থৌবাল ডিষ্ট্রিক মনিপুব




Thamoinaungi Nungshi Mapao, a collection of Short Poem by Tongjao Meidingu



ফোংবা : ১৯/১/২০১২
কোপী মসিং : ৩০০
ফোংবা : থুমখোং লাইবেৰী ইবাং থৌগন লুপ
ৱাংজিং তেকচম লৈকাই-৭৯৫১৪৮, মনিপুৰ
মমল্ : ১৪০/-

অইবগী ফোংখ্রব লাইবিকসিং



নম্ফম : সোনি প্রেস, খাঙবোক বজাৰ
থৌবাল ডিষ্ট্রিক, মনিপুৰ, ইন্দিয়া।

# ব্রাহৈ খরদং

অইবনা শৈরেং পরেং তরানিথোাই অসি শৈবেং ওইনা থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও হায়না অইবনা লাইরিক অমা ওইনা পুথোকচবা হোৎনজবনি অমবু ওইরো পরেং তরানিথোাই অসিদা মশক তাক্নুনা ইজবনি। অমরোমদা ঈরমদমগী সাহিত্য নৈনবোই কয়ামুক্লা হৌজিক হায়বা হৌরক্লে ঈখেঙ ইমু-নাইমু তাবগী শৈরেংনা অযাম্বা ওইরে। থাইনদগী চৎনরক্লবা শৈরেংগী থোৎ নৌবা ফজবা অমতা য়াওশিল্লক্ত্রে হায়বা য়াই।

অমুক্কসু হায় সাহিত্য হায়বসি ঐখোয়না হিংলিবা পুন্সিদগী লাপথোক্নদবা নত্তে। পোখাবদা নুংঙাইনবা সাহিত্য তৌগদবা নত্তে। সাহিত্য অসিমক পুন্সিনি। ঐখোয় হৌজিক হান্নগী অর্থদা হিংদ্রে। য়াম্না কমপ্লেক্স ওইবা অমদি মেকানিকেল ওইবা পুন্সি অমদা হিংলরে। ঐখোযগী সাহিত্যসু মসি ওইদবা য়ারোই। নুংগী পুন্সিগী ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা পুন্সিগগী মরীনি। অনৌবা শৈরেংদগী মাগী অকোয়বদা লৈরিবা পুন্সি, মীগা মীগা থেংনবদগী থোরকপা ফলনা নুংগী পুন্সিদা য়ৈববদা থব্রাইনা অনৌবা অর্থ- অমা পীবকই। অদুনা শৈরেংদা থোরকই মহাও অমা।

মতমগী খুন্নাইনা হোল্লিবা নিংশা ওইহনবা ঙমদ্রবা খুন্নাইগী চৈনা অমসুং অকিববু মমি তাহনবা ঙমদ্রবা অদুগা মতম চানা খুন্নাইগী খুদোং থিরক্কদবা অমসুং লাক্কদবা অকাম্ব কামদগী তাকহৌবা ঙমদ্রবা সাহিত্যদুদি সাহিত্য কৌবগী মতিক চাদে হায়নবসু মরৈরি।

জাতিশিংবু নত্রগা খ্বাই মীযামবু কনবা ঙমদ্রবা শৈরেংদুদি করি অমমুক ওইনিঙাই ওইবিগনি।

লাইরিক অসিদা শৈরেং ১০২নি। অইবগী পুক্লিংগী ওইবা শৈরেংনি। সাহিত্যগী লৈচন ওইরগনি হায়বগী অনিংবা অপাম্বা থমলুগনি। ফোংদোক্লিংবা ব্রাফম নুংগী ওইবা ফোংকচবনি।

তোন্‌জাও মৈদিংঙু

তাং ২৩।৯।২০১১

## মনিপুরী শৈরেংদা চাংয়েং:
## সেমি এপিক অমগী মতৌ তম্নকপা

Every poem has a speaker The speaker of a poem speaks from a personal situation:
Robert W. Boynton, 1965, Introduction to the Poem, New York, Hyden Book Comp., Inc., p. 24

তোঞ্জাও মৈদিংঙু (ৱাংজিং, মনিপুর ১৯৪৪ নৌনা মনিপুরী সাহিত্যদা ২০শুবা চহিচাগী অহানবা দিকেদ অসিগী অরোয়বা কুমদা খোঙ থাংজিল্লক্তুনা সাহিত্যদা মাইপুনরক্লিবা অইবনি কবিনি ইং ১৯৭০ দগী ইং ২০১০ ফাওবগী মনুংদা মনিপুরী নাৎকী পুয়া লাইরিকশিং ফোঙদুনা 'মৈদিংঙু' হায়বা মীংথোল ফংখ্রবা মাইচৌ অমা ওইবন্মী। অইবসিগী সাহিত্যগী খুদোলশিংদি বেলেলেট্রগী ফোর্মদা ইবা এসে 'অহল্লুপ পানা নহারুপ পানা', ৱারেং ২০০৮, অমসুং সেমি এপিক্কী ফোর্মদা চাংয়েং তৌরিবা কাব্য, 'ৱানৌ পায়ানা পুনলি', কাব্য ২০১০, নচিংবা লৈখ্রে। হন্দক্তা ইং ২০১১, জানুৱারী থাদা ফোঙগদৌবিবা কাব্য অসিসু সেমি এপিক্কী ফোর্ম অমদি ষ্টাইলদা শাগৎপা থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও, ২০১২ হায়না মীংথোনবা কাব্য অসিনা ৱারেং ১২না শাবা ষ্টাইলদা ফোর্ম অমনা শৈরেংগী মশক লেপ্লি। কালিদাসগী মেঘদুত, ওয়ং খায়াঙ্গীগী সুবাইয়ত, হরিবংশ রাই বচ্চনগী মধুশালা, রাজকুমার শুরেন্দ্রজিৎকি লাইরেমনা মপাম খোঙদাবা ১৯৭৫ অমদি রাজকুমার শীতলজিৎকী ইখৌলাংবা ১৯৪৯ নচিংবগী ষ্টাইলদা তোঞ্জাও মৈদিংঙুগী কাব্য অসিগী ৱারী পরিং শাগৎলকই। মনিপুরী শৈরেংদা অমুক্তা উদ্রিবা মশক্তা চাংয়েং ওইনা ষ্টেঞ্জাইক পোইম খুদিংগী অরোইবদা 'থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও' হায়বা পরেং অসিনা লোইশিল্লি।

**থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও:**

তোঞ্জাও মৈদিংঙুগী অনীশুবা ফোঙগদৌরিবা সেমি এপিক্কী ষ্টাইলদা চাংয়েং তৌরিবা কাব্য অসি ইংবেজি সাহিত্যদা মোদর্ন পোইট ওইখিবা, টি এস এলিয়ট ১৮৮৮-১৯৬৫ কী দিবেঙ্গলেণ্ড ১৯২২ গী

মওঙগা খেন্নবা লৈতে। এলিয়টকী অপিকপা এপিক অসিদা মরুওইনা উৎলিবদি ২০শুবা চহিচাগী ৱেষ্টর্ন সিবিলাইজেসনগী অমোংপা মশক মীওই লিচৎকী মশক, নুংগা পানগা অনীগী মুক্নবা অমদি লমলেন অমগী মশক্তু উৎপনা মপুংনি। মাইচৌ তোঞ্জাওগী শৈরেংগী মশক্তি নুংশিববু শৈথাবনি। নুংশিবগী মচরিৎ উৎপনা মপুংনি, খায়নবগী চৈনা, থম্মোয়নুংগী মৈচাক, নুংদা ওমচাক্নবা, তানমৈ নাইদ্রবা নীংশিং পোৎলুম অসিনা মপুং ওইরগা মমা লৈবাক মরমদম্বু নুংশিরুবা মৈতৈগী মাংখ্রগদবা নাৎকী মশক, মোইরাং কংলৈরোলগী শায়োন তরেৎকী এপিসোদশিং পুন্সিগী দসর্ন, মনিপুরগী ঙরাং ঙসিগী ওইরক্লিবা সমাজিক অভসথা অমদি প্রজাশিংগী তাবিনবা লৈত্রবা খোল্লাও অমদি ব্রাকৎ, মহৌশা খুৎশেমগী পোৎলমশিংদা শৈথাবা শিংথাবা অমদি অরোয়বদা মৈতৈগী মীরোল থাগোনবা অমদি মরক্তা মহৈ লাইরেম্বীদা কৎচবগী মতাং য়াওরি। মাইচৌ তোঞ্জাওনা মাগী কাব্য অসি মহৈ লাইরেম্বীদা প্রার্থনাগা লোয়ননা কচবা মতাংদা অসুম্না নোঞ্জ ৱাহৈনা য়াকাইরোল শক্লি।

মতিক চাদে খনবীনু/লৈচন শুদে হায়বীরনু

ইমাগী মতম্বাক্তা শাৎলিবা/লৈরাংশিং ঙাক্তনি খনবিয়ু

ইখুৎমক্না হেক্তুনা কচরি/--- কৎচগে মপোক কুমজাদা লা-৯২

মাইচৌ তোঞ্জাওনা মাগী কাব্য অসিদা মহৈ লাইরেম্বীদা কৎচবা অসিনা মরক্তা লাচনলবসু অহৌবা শৈরেং খরদদি নুংশি শৈহৌ অমদি শৈরোইনা মপুং ওইরি। কায়নবগী চৈনাগী অৱাবা, নীংশিংবদা থম্মোয় লাইমন ওইহৌবগী নুংহিক্নবা, খাংবদা ৱারবা পুন্সি খোঙচৎকী লম্মুক্নরকপা মতাংনচিংবসু মতাং চানা পাউতম্বা থেংনৈ। মাইচৌনা কাব্য অসিগী শ্লোক (ষ্টেঞ্জা) খরদা অসুম্না ফোঙদোক্লি।

নুংশি শৈহৌদা অসুম্না হৈরি:

নঙবু নুংশিরম্বা হানলে/শক খংনবনা কোল্লে-----

ঐগী থম্মোয় পাঙদবনা/নঙগী নুংশিবনা হেনখিদুনা ------

মীনোক্তুনা ওইরবরা লৌনম্বা। লা-২

অতোপ্পা শৈরেংগী মতাং অমদসু অসুম্না হায়রি:

মথোং কারকপা নিংথিজবী/তনৌ তনৌরকপী

মীংকী ঈবাংদা লৈতেংবী/নুংশিবী নুংশিবী নুংশিবী---
থম্মোয় নুংশিবী নঙনা/লিনখিসি নুংশি ব্বাবী
থম্মোয়না খোয়দানা পামজবা ------ লা-১০

নুংশি শৈহৌগীসু অরোয়বা লৈ। মসিগী অরোয়বা পুংজাদি কায়নবনি কায়নবগী চৈনা খাংবনি ঙসি অমদি ঙবাংগী পাখং লৈশা খুদিংমক নুংশি শৈহৌ য়াওখিবা ঙাক্তনি নুংশি শৈরোইসু লাকখিবা ঙাক্তনি কনা অমনা থুংনবা, কনা অমনা কায়নবা তম্বা ঙমদবা মপু মাগী খুৎশেম্নি। তাইবঙ লীলানি মদুনা মাইচৌ অসিনা নুংশি কায়নবগী মতাংদা খোন খেন্নবা মশক অমদি ফিভমশিং উৎলদুনা ইরি।

**শৈহৌদা কায়নবগী মতাংদা-**

পুকচেল খঙদনা নুংশিরুবা/ময়োলসে মহিক্রা চংখিদুনা
মতৎ মতৎ থদৎপীরে/নুংশিবী থম্মোয়গী পুকচেন্দুনা----
মৈশাদো পুহৌরে থম্মোয়না ------ লা-১২
কায়নরবা মতুংগী পুন্সি খোংচত্তা ওইরকপা মশক্কী মতাংদনা-
কপচরসনু ঐগী থম্মোয়না/হঞ্জিন হঞ্জিন হঞ্জিন---
মৈচাক পুদুনা লেল্লগে/পুন্সিসে ইদোম তরক
চৈনা কোন্দুনা ইথন্তা---- লা-২২

মাইচৌ তোঞ্জাওদি রোমান্তিক কবিনি মহৌশা খুৎশেমগী ফজবদা ঙাওই। প্রকৃতিগী পোৎলম খুদিংদা থাজবা লৈ। লৈচিন উরে নুংওল্লি, লৈরাং উরে লাংতক্লে, থাজ নোংইনগী কুম্মেদসু থম্মোয় মকা লামজে। কলচান্দগী তুবিনা প্রকৃতিগী পোৎলমশিংবু মুর্ত্তি ওইনা য়েক্তুনা অহিংবা চিত্র অমা ওইনা মীৎমাংদা শকপানহনবা ঙম্মী মসিসু থোইদোকপা মগুন অমনি। খুদম খরা লৌখৎচরি।

১। পোমশাৎনবী লৈবাং কয়ানি/তনৌরবী লৈরাংগী নুংশিবী
খোয়মুনা লৈহিদা ঙাওজবা/---- অয়ুক্কী নামিবা শাহুমদা
----- খোইমু নাতাৎ তৌরনু----- ল- ৩৪
২। লৈচিলনা জগোই শারি/থাজসু মেংনা য়েংলিয়ে
অতিয়াগী লমহাংদা লৈতেং/চেক্লা কয়া ইখৌ লাংলি---
মালং জগোই শারি/---- নোংইনগী থাজনা ব্বাবগুম লা-৫১

মাইচৌগী কাব্য অসিদা মবৈবাক নীংবগী ব্রাখল্লোন য়াওরি। পুন্সিগী দর্শন উৎপা মতাংসু থেংনৈ। মনিপুরগী লিগেন্দ ওইনা লৈখ্রবা মোইরাং কাংলৈরোলগী শায়োন ৭কী ব্রারীগা মরী লৈনবা এপিসোদশিংসু মতাং চানা পনবা থেংনৈ। খুলং ঈশৈদা ঈথিল পীবা অমদি মাংখ্রগদবা মৈতৈগী নাৎকী মশকশিং-লাইনিং লম্বীগা মরী লৈনবদা 'লাংবন তর্পন, পারী পুরীগী মৈহৌরোলদগী চৎনরকপদা 'নিঙোল চাক্কৌবা' মশায়দা 'কাং শান্নবা' মোইবাং লাইনিং লম্বীগা মরী লৈনবদা হিয়াঙ্গৈ থাগী নিঙোলশিংনা লোত্তাক্তা কুমদুনা ঈল চিংলগা লেমলৈ ঙা ফাবদা তম্বা নুপা কনাসু চংহন্দবা অমদি মনিপুরী হিষ্টরিকেল পর্সতোক্তিব শিজিন্নবা মতাংনচিংবা পনবা য়াই।

মবৈবাক নীংবগী মতাংদা মাইচৌ তোঞ্জাওগী থম্মোয শোক্লবা পাউদমদি

মথন্তা লেপচবা ঙমদ্রবা / হে ঈমা লৈবাক<br>
চুন্না য়ুংখিসি ফিবালদু/অচুম্বা নঙদি লোংদে<br>
লোম্হোক্লবা ঈমা লৈবাক/লেংদনা লৈবো চান্নবী লা-৩৩<br>
পুন্সিগী দর্শন উৎপদা অশি অচংগী ব্রাখল্লোন লাকপদা<br>
হকচাং মাসু ব্রাবক্লে/পুন্সিনা তংখায় য়ৌরবদা<br>
লেপলুরে ঙসিদি চিদাইদা/নীংখাইরবা তোর্ববানগী মপৈ<br>
ঐগী পুন্সি খোঙচুন্তা/উরকই অমম্বগী মপৈ<br>
মপুনা মচু শঙলিয়ে লা - ৩১

মনিপুরীশিংগী মহৌশাদগী লৈরকপা মশান্নাদা- ঐখোয়গী মশক তাকপদা অচৌবা মফম অমা কল্লিবা নাৎকা শাগোন্নবা মোইরাং কংলৈরোলগী শায়োনঅমদি অরোইবা ওইরিবা লিগেন্দ ওইবা লৈখ্রবা, 'খম্বা থোইবী' গী ব্রাবীদা মপুং ওইরিবা কাং শান্নবগী মতাংসু মাইচৌ তোঞ্জাওনা মতাং চানা এপিসোদ ওইনা পীরম্বা থেংনৈ।

খুদম: কাং শান্নবা থোইবী/কাংখুৎ তরেৎনি থোইবী<br>
তোরোসু খুৎ তরেৎনি/লম্বা মশিং তরেৎনি<br>
থোইবীনা কাংমাই খাদা/তোরোনা কাংমাই অব্রাংদা লা-৭২

মৈতৈগী লাইনিং লম্বীগা মরী লৈনবা 'লাংবন তর্পন' অমদি মহৌশাদগী চৎনরক্লবা হিয়াঙ্গৈ নিনী পানবদা নিঙোল চাক্কৌবগী থৌবমনচিংবগী মশক তাকপাদা মাইচৌ তোঞ্জাওগী তোঙান্না তাবা ব্রাখল্লোন অমা উবা ফংই। লাংবন তর্পনগী মতাংদা

১। লাংবন থা লাক্লবদা/--- অথৌবগী থবায়শিং থবায়
হি হোন্দুনা কৌনদুনা/লাংবন থা লাকইবা
খোংজোমনুবীগী থবায়দি/ধ্রুবতারাগী থবায়দি
উদ্রে উদ্রে হিদসু/হল্লকখো কুমজাসিসু। লা- ৭১
২। থবান থানা লোয়খ্রবা/লাংবন থানা য়ৌরক্লে
কোরৌথক্কী থবায়শিংনা/মালেমদা মীৎয়েং নায়েং
লাইজ ইশিংগা তুংইন্না/য়ুমথোঙ কৃদিংগী ঙাইনরি। লা- ৩৭

হিয়াঙ্গে নীনি পানবা নিঙোল চাক্কৌবগী মতাংদনা- মোর্দন সোসাইটিসিগী মমি তারি:

খুদম: হিয়াঙ্গে থানা লাকপদা/তানিংদ্রে ওটো মখোল
শিংজা য়েবে নাপ্পদা/তোংবগা ভবা হান্না-----
তান্নবীবনি অথোই অহেন --- লা- ৩৯

মনিপুবগী ইতিহাসকা মরী লৈনবা মতাং মনিপুরগী নীংতম লান অবোইবা খোংজোম লান ১৮৯১ অমদি মনিপুরগী ঙর্মখৈগী মতাংদা 'কুন ১৮' ২০০২, নচিংবগী ঐতিহাসিক থৌদোকশিংগা মরী লৈনবা এপিসোদ খরসু মাইচৌনা মতাং চানা পল্লম্বা থেংনৈ। মনিপুবীশিংনা ঙসিফাওবা খোংজোম তুবেলদা এপ্রিল ২৩ খুদিংগী অথৌবশিংগী মফমদা তর্পন কৎলি। মতৌ অসিগুন্না জুন ১৮ খুদিংগী ইমফালগী কেক্র পাৎতা অথৌবা অথৌবী ১৮গী মফমদা হৈকৎ লৈকৎ তমদুনা তর্পন তৌরি। মখোয়বু নীংশিংবনা মখোযগী মতিক মঙানবু শৈথাবনা মপুং ওইবা লাইনিং থৌবম ওইরি। মাইচৌনা খোংজোম লানগা মরী লৈননা পাউনা ব্রজবাসিগী মতাংদা অসুম্না ইরি:

পাউনা ব্রজবাসিগী সনাখোঙ/পেল্লিদরা খংলিদরা মাসু ----
তর্পন কৎপনা অথোইবরা/লাংবন থানিল থাজদা
অথৌবগী থবায়শিং ইকাই খুম্নবীরে/তর্পন কৎচরি থবায়গী মপু ল: ৮৪
জুন ১৮গী মতাংদনা অসুম্না ফোংদোক্লি
কেক্রপাৎ লমদম লমনুংশি/থাজগী অমেংবা মঙান্দা
নুমিৎকী অশাবা মৈশাদা/অথৌবা নখোয়বু হল্লকখো
ইমাগী অথৌবশিং ইতম্পাক্ত/লৈরাংশিংগী হৌরকফম তাক্লমখো---
অহৌবসু অবোইবসু নখোয়নি। ল: ২৫

মাইচৌ তোঞ্জাওগী কাব্য অসিদগী পুথোকপা য়াবা সাহিত্যগী মচল ওইবদি মোইরাংদা খম্বগী পম্বৌ পুরেম্বনা তোরবুংদগী কৈরেল ৭ ফাবগী ব্রাবী, কবুই শলাংমাইবগী নোংথ্রে খুদোল ল: ১৭, খুলং ঈশৈগী মতাংদা 'হাওগী ইংখোল চাইগোইনুং/লশিং পোলাং ফৌবনি/ শানা ঙানা শোক্কনি/কোন্নববা তিং তিং' ল: ২৬, বিয়ুটি পালবনা পীবকপা চৈথেংনা ঙসিগী নুপী ওইবীশিংনা মহৌশাগী শম্বুল ককথৎতুনা ফজববু খুৎশেমগী ফজবনা মহুৎ শিনবা মতাং ল: ৪৩, মমাংঙৈদা মৈতৈ ইমুংশিংদা নিঙোল ওইবীশিংনা ফৌসু লংনবগী মতাং ----- তাখিদবা, খুলং ঈশৈ শক্লবিদবা ল: ৬১, ব্রাখল চোইরবী অঙাওবগী শক্তম অমদি ফিভম্বু মশক তাকপদা ল: ৭০, স্না কৈথেলদা পোৎফম ফম্লিবী ইমা-ইন্দোনশিংগী পুন্সি মহিং অমদি মরেল গী চরিৎ শাগৎপদা ল" ৯৯, মৈত্রবাকসি নুপা মখৈ হিংবা ঙম্নদবা পংহাত্তা হাত্তোবকপা মসিদগী ওইবকপা ফলদি লুখ্রাবী লৈবাক ওইবনি, ল: ১০০, হায়না নীংঙমদবা ফোঙদোকপা য়ুমগী অহল ওইরবীশিংনা মরুওইনা মমা ওইবীশিংনা মচাশিংগী মশুশিংদা মীবক তিনবা ঙম্নবা ব্রারক ব্রাতেম্বীবা ফত্তবা থবক তৌগনু হায়না পাউতাক পীবা ল: ৭৯, মতাং কয়াসু থেংনবি। ঙসিদা নত্তনা মাইচৌ অসিগী লোনশেম, ব্রাহৈগী মুর্ত্তি ইমেজবি অমদি সিমিলি কয়া চাংয়েংগা লোযননা পুথোরকপা থেংনৈ। পনবা যাবা খরদি, 'খোইজু তাবা শম্লাং ল: ১৯' মিথিবোংনা ---- - ওইখিবা ল: ২৬' নুমিৎনা নশাদা নন্দবা ল: ৩৮' লৈচিন্না জগোই শাবা ল: ৫১' মঙাল ফুরবা নুমিৎ ল: ৫৭' মিহাৎ মীশিগী ব্রারোইপুং ল: ৭৫' 'কংশিল্লবা মবী মতা ল: ৭৬' মীবু নোংমৈনা কাপ্পা ল: ৭৯' অমদি ঈ তৈরবা মনিপুর ল: ৯৫ নচিংবনি।

কাব্য অসিগী অরোয়বদা মৈতৈগী অবিবা পুয়া ওইরিবা হিজন হিরাওদগী মীকোন থাগোনবগী মতাং পীবি। মসিনা মৈতৈগী চৎনবী ওইদুনা নুমিৎ কাপ্পা, তুতেংলোন পাম্ভোইবী খোঙ্গুল নচিংবগী মশক্কুম লেপ্লি।

**মাইচৌনা ইরিঃ**

হি ও হি /হি নঙবু হোন্দেদা

লাইবেম্বী লাইনিংথৌবু হোনবনে/হি ও শমদে

কবেংঙা করেংঙা কবেংঙা/লাইবেম্বীবু হোনবনে দে----- ল: ১০০

অসুন্না কাব্য অসিগী অবোযবদা কবিনা মীকোল থাগোনবগী মতাং অমা হাপ্পুনা সেমি এপিক অসিগী পোলোয পুবক্লি। মসি মনিপুরী শৈবেংদা অনৌবা চাংযেং অমা ওইনা লৌনবগনি। মাই পাকপা হাযবদুদি সাহিত্যগী কলা অসিগী মগুনবু লেপ্পা ওইবসনু। মতুংদসু হেন্না অফবা কলাগী মগুন য়াওরবা অমদি সাহিত্যগী অনৌবা মচল খবসু কৃযেটিভ পার্ট অমা ওইনা পুথোকপীবক্রবা নীংশিংলগনি।

শিদবা মপুগী যাইফ থৌনি পীনবিসনু

শিংজমৈ ইম্ফাল
তাং ২৩।১২।২০১১ ইং

ডা: শবতচন্দ্র লোঙজোম্বা
ডি:এম: কলেজ ওব আর্টস

-------

# ৱারোল খরদং

সাহিত্যগী লৈকোন্দা লেপ্পা লৈত, চোকথবা নাইদনা, নহা ওইরিঙৈ মতমদগী খুদোল তম্বীদুনা লাক্লিবা তোঞ্জাও মৈদিংঙুগী শৈবেং থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও হায়বা শৈরেং লাইরিক অসি স্কৃপট ওইনা লৈরিঙৈদা পাজবে।

ইরমদমসিদা খুন্দারিবা খুন্নাই কাংলুপশিংগী মরমদা থিজিনবদা ফংলকপা কয়াবু সাহিত্যগী লৈচল ওইনা লেপ্তুনা পুখোকপিরক্তুনা লৈবাক মীযাম মাংদা লাইরিক ওইনা লেংদদ্রবা লন ওইনা, খুদোল তম্বীবিবা অইববু হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচনিঙাইনি।

অইবগী শৈরেংশিং পারুবদা, নোংম কাংদ হোংলকলিবা, মহৌশা প্রকৃটি ইমাগী শক্তমশিং অসিদা পুক্লিংদা লাংতক্লবা ফাওবগী মমি অমা তাবি। মালেম অসিবু ইনৌ নৌবা, থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও মালেম অমা থব্রাই পানবা পুন্নমকপু কখোকপগা লোয়ননা নুংশিনবা পুবক্লবা হোৎনহৈদ্রবদি মসিনা জিব পানবা খুদিংমক্তা পিরক্কদবা চৈথেং চৈনা অসিনা মালেম পুম্বা নোংমদি মাং-তাক্লগনি হায়না পাওজেল অমসু পিবি।

ঐখোয় অয়াম্বনা শৈবেংবু পানিংবগী চাং য়াম্না নেমলি। অদুবু মহাকবিশিংগী থম্মোয়গী ওইবা ৱাখল, মিৎয়েং কয়াদি মখোয় মখোয়গী শৈবেংশিংদনা হেন্না মযেক শেংই হায়নরিবনি।

অইবা তোঞ্জাও মৈদিঙুনা মতম শাংনা মীওইবা জাতি ঐখোয়গী ইরকতা তিনবিদুনা মীওইবা কাংলুপ খুদিংগী কান্নরবা ৱারেল কয়াবু সাহিত্যগী লৈচল ওইনা লেংবিদুনা লেপ্পা লৈতনা লাইরিক কয়া মথং মথং ইবিরকখো হায়না ঈশ্বরগী মফমদগী থৌনিজরি।

ৱাংজিং
তাং ১০-১২-২০১১ ইং

ব্রোজেন পাওনম
সোসিয়েল ৱাকর

# প্রসিদেন্টকী ৱারোল



অইবা লৈতবা লৈবাক অমত্তনা চাওখৎ লমজেলদা মাঙ থাবা খক ঙমলোই। মসিমক্তা ওইবা য়াই, তশেংনমক অইবশিংগী অশোনবা মীৎয়েং অসিনা খুন্নাই অমগী তুংগী যুমফম থোনবদা অমদি লৈবাক অমগী রিভোল্যুসনবি ইসপিরিত শাগৎপা মতমদা মৈ ইকই হাযবসিমদি মীয়াম্না য়ানরবা ৱাফম্নি।

মনিপুরগী খুন্নাই অসি ওইরক্লবা হোৎনবদা লাইওইখ্রবা অমদি হিংলিবা অইবা অইবীশিংনা লৌখিবা লৌদুনা লৈরিবা থৌদাং মপান নাইদে। হৌজিক্কী মীরোলশিংনা হৌখ্রবা মীবোল অদুনা পুথোক্কে খল্লম্বা থবক থৌরমশিং পাঙথোক্লবা হোৎনবা হায়বসি য়াম্নমক তঙাই ফদে। মসিমক্লনি তুংগী মীরোলশিংদা অইবা অইবী কযামা মাংদা ইফুৎকুম ফাওবক্লিবা।

লোয়নসিল্লোন মনিপুর সাহিত্য, দা অবিবা ৱারি লাইরিক শৈরেং কয়া খুদোল তম্বীখ্রবা তোঞ্জাও মৈদিংঙুনি। হৌজিক্লা থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও হায়না মিংথোনবা শৈরেং লাইরিক অমা ফোঙনবা থুমখোং লাইরেম্বী ইরাৎ থৌগল লুপ ৱাংজিং মনিপুরনা শিন্নরকপদা অইবা অসিগী লাইবিক অসিবু তরাম্না ওকচবনি। ইং কুমজা ২০১১ গী জানুৱারী ১দগীনা ২০১১গী ওক্টোবর ৯ ফাওবদা খোমজিন্দুনা ইবিরীবা শৈরেংসিংগী খোমজিনবা লাইরিক অনিশুবা লুপকী লাইরিক্নি।

ইবা পামজবা ইববু পুক্রিং থৌগৎপীবা অমদি অইবা খুন্নাইসিবু য়াম্না নুংশিনা অমসুং লুনা খঞ্জবা মীওই পুনশিন্দুনা কুমজা ১৯৯৬ দা শেমখিবা লুপনি। তেনখ্রবা চহী খরসিদা লোয়নসিল্লোনগী লাইরিকশিং পুথোকপনা মপুং ওইরি।

থুমখোং লাইরেম্বী ইরাৎ থৌগল্লুপ ব্রাংজিং মনিপুরবু নুংশিবীদুনা লুপ অসিগী মীংদা লাইরিক ফোংবিরক্লিবা লুপলোয় মেম্বর ওইবীরক্লবা পুন্নমকপু থোইদোক্না তরাম্না ওকচরি। অইবগী পাক চাউরবা য়ুমফমসিবু থম্মোয় শেংনা নুংশিবীরিবা পুন্নমকপু লুপ্না ইকায় খুম্নবা উৎচরি। লুপ অসিবু চাওখৎনবা হোৎনরিবা অদোমদগী শেংলবা থম্মোয় অদুতংনী।

লোয়নসিল্লোনগী পাক চাওরবা লৈরাংশিংগী লৈকা মরম্ভা তোঞ্জাও মৈদিংঙুগী থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও শৈরেং, মিংথোনবা লাইরিক অসি খুদোল তমজরি। লৈনম কয়াসিবু নুংশিনা লৌবীরগা পুন্নমক্কী মফমদা থম্মোয় শেংনা শিন্নজরিম মখদা অইবা অসিনা লাইরিক কয়াসু হবিরকউ হাইজরি চিংউগী মফমদা থৌনিজরি।

মোতুম গৌড়চন্দ্র সিংহ
থুমখোং লাইরেম্বী ইরাৎ থৌগনলুপ ব্রাংজিং
তাং ১।১২।২০১১

# য়াওফম তাকপা

## য়াওফম তাকপা

## য়াওফম তাকপা



------

# থম্মোয়গী নুংশি মপাও

চান্নবী নঙনা তামখ্রবদা

নপাও তাখিদবা কুইরেদা

থাশিংসু য়াম্লক্লে কুমশিং

চৈরাওব কুমসু কয়ামা

চান্নবী চান্নবী চান্নবী

নুংশি নপাও  তমলো

নঙগী য়ুম পান্দো

চান্নবী নংগী চিনবান্দু

কংলো অতৎপা লৈতনা

লৈজবা নংগী ৱারি

নশাদো ঐঙোন্দা ঙাথদুনা

থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

১৯-১-২০১১

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

নঙবু নুংশিব্বনা হানলে
শক খঙনবনা কোনলে
তৎতনা হংলি থম্মোইদা
নঙনা চৎলমদাইদা পিবাংনা
ঐঙোন্দ পিবম্লবা মৈচাক
পীবম্লবা মৈচাক ঐঙোন্দা
ঐগী থম্মোয় পাঙদবদো
নঙগী নুংশিবনা হেনখিদুনা
পিবাংনা খুদম ওইববা
যাই ওইববা সুমহৎনবা
মীনোঙ্কুনা ওইববা লৌনস্বা
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

বাজা বাজা বাজা
হাপলবো ঐগী থম্মোইগী
পীকেবা চাওববা ননিং
বাজা ঐগী বাজ
ওইবনি ওইবনি নাইতোম
মহাও যাওদ্রবা পুন্সি
ব্রাহৈদা কোচিগী কোচি
ঙাক্তা কোচি ঙাক্তা
নপাউ কনাগী মতেংনা
কবম্বা নঙগী থৌনানা
অহাঙবা মীকুপতা ঐবু
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

ঐগাদি ব্বাংমা ব্বাংমা
বীথিগী করম্বা নোংদম্বনা
ঐবু মরান পীশিন্দুনা
থাদৎলগা নুংশি লম্বী
খনলুদবনা ফৈয়ে নুংশিবা
থম্মোয় তিংনা ফোংদোকখি
ঐগীদমক লেপলবোই খন্দুনা
থম্মোয়শি শিন্নখি নংঙোন্দা
অদুগুম্বা হৃগী নুমিত্তা
লাকখিদবা নুমিত্তো হৃ
চোংলখিদরা নুংশি ময়োল
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

ইঙাগী নোংজুনা তামহৈদ্রগা
বীদায়গী চৈথেংসিনা ফুবদা
য়েন্নিংথা য়ৌরবসু মতোংদা
থাজদ্রে ঐনা নুংশিবা
অনৌবা ময়োল চোংগনি
বিদাইগী চৈথেং শিন্নরম্লগা
বিদাইগী চৈথেং শিন্নরম্লগা
ইঙাগী নোংসু নাথৈখ্রো
নিংথমগী উনলেনসু মালংবনা
নুংশাগী মঙান্দা হাইদোকখ্রো
কৈদৌরুনি অহাংবা অতিয়াদা
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

মথোৎ কাবকপা নিংথিজবী
তনৌ তনৌ বকপী
মীৎকী ফজবদা লৈতেংবী
নুংশিবী নুংশিবী নুংশিবী
লাই কবম্বনা নোংদম্বা
লৈহাও কবম্বদা থাবগা
থম্মোযদা নুংশিবী নঙনা
লিনখিশি নুংশি ব্রাবি
থম্মোইনা খোইদনা পামজবা
মালংদসু তিনখ্রববা নুংশিবা
তাইবঙ লাক্তবু যাওখ্রববা?
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

হো খোনথাঙ ও

অবাপ্পদগী খোনথাঙ ও

নুংশিগী নপাউ খোনও

থম্মোইগী অপাম্বা যাব্রনে

লৌক্লবনি অশেংবা নুংশিবা

পেন্দ্রবা নুংশি ব্রাবি

কাওজদে খোনথাং ও

পীক্লা অবাপ্পগী সুব

চৎলো চৎলো তুমিন

তুমলে তুমনা মঙদা

লিবখো নাপ্পদা নুংশিবা

থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

পুকচেল কণ্ডদনা নুংশিরুবা
ময়োলসে মহিক্লা চংখিদুনা
মতং মতং থাদৎপীরে
নুংশিগী থম্মোয়গী পুকচেন্দুনা
চিনবানগী অঙাংবা মতৌনা
তাখিবা লেংদ্রবা মম্নিনা
নঙগী থমোযগী লাঙদা
করিবু পাল্লীবা থমোয়না
অমংবা নোংগুম অতিয়াদা
শাহুম্রা পাইখরে নোংলৈলক্ত
মৈশাদো পুহৌরে থম্মোয়না
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ❦

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

ওইবগেবা কাযনবগী পম্বুং
পম্বুংগী থোং অমদা
খনলববা মিকুপসিদা নঙনা
থাদোক্কে নুংশিবা ঐবু
নঙগী কবম্বা মৈচাক্লা
পীবম্লগা কাযনবগী পম্বুং
চৎখিনো থম্মোযগী চান্নবী
ঐগী নুংশিগী ঈপাক্তগী
ইখাই পিখিনো নুংশিবী
লাইজগুম তৎতনা অপাম্বা
ব্রাবৌখিবগী চৈনা কযাদো
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

পুন্সিগী নুংশিবা নঙনা
ঐনসু পাউখুম পীখিবনি
থম্মোয নঙগী লকাদা
অতৎপা লৈতবা ইচেন্দা
ব্রাহং কযামা হংখি
চিক্লা হকচাং নুংদা
মৈচাক পান্দ্রসু ফাওবকখি
হৃদুনা পুখবে নুংশিবী
ঐনা মৈচাক ফংহৌবে
হংলি থম্মোযনা ব্রাহং
নোক্লম্বা নুংশি মিনোক্তো
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

য়েংঙু নুঙদা য়াওবিবা
অরোইবা মতমগী খোংচৎ
ঐনা কনাসু মীওইনা
খন্দে লাউনবিসে মতমসিদা
অমুক তাখিগদবা যাথং
মা মাগী অশেংবা
ও ঐনা খঙই
মশাদা যাওরিবা ঐ
লেংলবোই শিদ্রিফাওবা
থিরক্লে ইশাগী লম্বেন
অরোইবা মতমগী খোংচৎ
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

হয়েন লাল্লোংদু মঙায়

মতমগী ক্বাক্কী মখোন্দু

কবি লাল্লোং শিনবা

লৈপাক শোইবা মখৈ

অমগা অমগা লাওনা

মীতিন লম্বী শংলেন্দা

পুক্না চাবি তৎলবদা

মুশি মুশি কেন্দল

মপী চদুম চদুম

খনখি তুমিৎ কাং

ৱাখলগা ইবোইননা শঙলেন্দু

থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

তাযুম অচানবা পুবেম্বা
তোববুঙদা কৈবেন ফাই
ঐগী থম্মোযদা পেল্লে
ইদাইবেন পুবেম্বদা পীখিবা
তোংববুং থুমখোং মাপন
লোঙাক শোযমিং মাপন
দোলাই তোংজবো থৌগনবদা
কুম্বদা শগোন খোংনেংনজবো
পে অৱাংবা খঞ্জবো
কবুই শলাংনসু নোংথ্রে
ইচেমগী ইবুংঙো ইদুনিংথৌ
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

শাবি মাঞ্জা নুংশিবা
পাখঙ চামনা শিরগা
নুরা চামনা ঙাইনচিং
ব্রাংলেন মীকুপ্মদং ঙাইরমখো
শম্না অমনা থোংখোং
শম্না অমনা পাম্বে
নুংশি ব্রাশক পনথেংনখি
পালোয়নখি নুরা পাখং
নুরা থাংনা থিঞ্জখ্রে
থবাক ইরম ফাংলে
নুরসু খাইনা হিপথখ্রেং
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও।

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

তোবোগী অখোয়বা শম্লাং
হামুক্লা পুমৈতে তৈ
কংগী মবাগী শম্লাং
খোইজু তাবা শম্লাং
সেন মুনবীখ্রবনি মতমদো
হুবানবা খুৎপু অমনা
মকু মনেম ফাওবনা
চৈবীববনি তুকচবা মতৌদা
ইবমদমগী নুপীনি হাযদাই
সহবগী যেংহৈদ্রবা মযাইদা
থম্মোয শোক্লা মৈচাকসে
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

অয়াম্বদি জগোয শান্নখ্রে

চেক্লশিংগী ঈশৈনা পুমনিন

শক্লিসে পোম্বী চেক্লা

মখৌ পোং পোং

কোয়পাই কোযপাই পাইদুনা

ঊশা অমদগী অমাদা

লৈবাং খযোম মরক্তা

কোরৌনা মশেক য়ৈবদা

ঙসিগী অয়ুকসি মঙান্দ

য়েংউ ইমাগী নিংথিবদো

তমজৌ অতপ্পা ইমাদগী

থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

৯।১৫

নুংঙাইরে মীৎকী কুমৈদুদা
ঐ চোকথবা নাইখিদে
মীওইবগী পুন্সিগী অয়ুক্তা
পুন্সি খোংলোয় ওইবম্বী
হাযবম্মী তৎতনা নাপদা
শক্লম্মী ঙংলম্মী ঈশৈ
ঈশৈনা কোন ফেংলদুনা
ঈশৈ সিমক নঙগীনি
ঐগী থম্মোযগী পামজবনি
পুন্সিগী ওইনা নহাক্তনি
শান্নখি ঐ নিংঙাইদনা
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

কপচরসনু ঐগী থম্মোয়না

হঞ্জিন হঞ্জিন হঞ্জিন

অমুক নফমদা তাহল্লবোই

মৈচাক পুদুনা লেল্লগে

পুন্সিসে ইদোম তবক

চৈনা কোন্দুনা ইথন্না

চৎনবীনা নাথৈববা ঐনি

কৌররোই হায়ররোই নফমদা

ঐগী থম্মোয়গী থাজ

অচিকপা অহিংদা ঙাল্লিবী

তম্নখিবা থম্মোয়গী পাউদম

থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

কাওবেননগী মিযেংনা মীদা
লাইগী ওইবসি মহৈসিনা
মবিনা কাওবেনগী খল্লিনা
চংনিংবনা মৈহৌনা শাওবিযে,
হযেংদি শম্বল নমখাইগে
অহিং যাবেক্তুনা চাখি
ঙাইহাক্কী ওইবা শম্বলনি
মালেম্না লৈকংলা ওইবক্লবদা
মচিসিনা মিহু ওইবে
পাম্লীবনি অশংবা লৌবুক
কাওবেনগী যেক্লবা ওইহৌবে
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

হুন্দোকপীরবনি লৈখোম লৈনাংদা
লৈহৌদ্রে অনানবা মচি'মতং
থনখ্রে মশা পুম্বা
লৈখোম লৈনাংনা পুমতৈ
য়েক্লবশিংনা কোইতান তান
হুদোকপীববনি মীথদ্রবীনি মাবু
মপুবোইবনসু মচানসু তাম্থোকপীরে
লৈপাক কাংখোং চাইবিঙৈ
শেংলবা অরুবা ঈশিংনা
ঈরুজবীববদি মাসু ঐখোয়গুম
মথমোয়না য়াগদ্র খংদ্রি
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥ ✿

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

কেক্রুপাৎ লমদম লমনুংশি
থাজগী অমেংবা মঙান্দা
নুমিৎকী অশাবা মৈশাদা
অথৌবা নখোযবু হল্লকখো
ইমাগী অথৌবশিং ইতমপাক্তা
লৈবাংশিংগী হৌবকফম তাকলমখো
পোম্বীশিংগী হৌবকফম লিখো
কৈবাক থাবমখো উমবি
লেংদবা মিংচৎ থম্লম্বনি
অহৌবসু অবোইবসু নখোযনি
যেক্তুনা থম্লি মোংফমদা
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

হাওগী ইংখোল চাইগোইনুং
লশিং পোলাং ফৌবনি
শানা যেন্না শোক্কনি
কোন্নবগা তিং তিং
ঙসিগী কুমজা তুমিন্না
ব্রাযেল কতি মহাকসু
মিথিবোংনা ফৌদি ওইখিবনা
ইমা লৈপাক কদাই
উৎ চাইরগে অপোকপা
লশিংগী ঙমখৈ পীরো
অকনবা লম্বা চাইনরি
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

কল্লবা নোংলৈনা হুমদুনা
ইরাং লান্না পুখ্রবসু
ইমাবুদি কাওবা ঙম্লোই
অচিকপা অহিং কয়'মা
নাওথেমজখিবা ইমানা মচাশিংবু
মচোই তাখ্রে থম্মোয়
শিংকুপ শানা শানা
ঐবু করেম্নবা উরগা
ওন্না থোইনা খাংদুন
নংগী মৈচাক খাংজবা
অদুমত্তংদি লেংদনা থানমলু
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও॥

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

মীকপ থোক্লে তরংদা
অদুবু নংদি লৈরমদ্রে
নুংসি খোঞ্জেলসু তাখিদ্রে
ইশাসি ইচোক চোকথবে
মমলবা মালেম অমগুম
ইথন্তা পি শিন্থবি
তৎতনা হংলি থম্মোইদা
ময়ানা থৈদোক থৈদোক্তুনা
তাংগোই তারবা থম্মোই
মমি শান্নবা পুন্সি
ওইরে পুন্সি লৈকংলা
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

শম্বম্না হব্রাই চাই

করম্না চারিবনো সিবো

উরুমগী হব্রাই মতোম্না

নুংশাগী মৈশাদ লৈঙমদে

হব্রাই মতোম্না শাওরিদবা

অহিংগী নিংথিরবা দৃশ্যনা

নোকহনবদি ঙমখিদে ঐবু

মাযথোংদ অহিঙ লিক্লাদা

মৈশা পিখীবনি থম্মোযবু

লোইখ্রসনু লৈচিন মপৈসু

ব্রাংলবা চৎনবীগী শম্বন

থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

মালেমগী চৎনবীগী ৱাংমদা
খোঙফম চেৎনা লেপলুবা
ইচেন্দুগী ইঁরৈদা চেন্থদুনা
লৈঙোই শেঙ্কাদা তাশিন্দুনা
তাইওন্নরবা ঐগী পুন্সিবু
কনাদ অমুক ৱারৌরুনী
ঙসিদি ৱাবদ পনথেংলে
চৎপা তাবনী ঐ
পংখৈ লৈত্রবা মফমদা
তিনখ্রসনু মালংদা পুন্সি
মীমান্নদ্রবা ঐগী ৱাখল
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

মালেমদা কায়দোংফম লৈত্রমানে

মিরম কয়া চৎলুরে

য়ৌরুরে কৈথেন কয়াসু

চোকথবা নাইদা চৎলম্বা

হকচাং মাসু ব্বারক্লে

পুন্সিনা তংখায় য়ৌরবদা

লেপলুরে ঙসিদি চিদাইদা

নীংখাইরবা তোর্বানগী মপৈ

ঐগী পুন্সি খোংচৎতা

উরকই অমম্বগী মপৈ

মপুনা মচু শঙলিয়ে।

থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

নওনা চনলম্বা পাউখোংনা
ফোংলরে ওসিদি লেপতনা
ঐগী পুন্সিগী খোংচৎতো
তাররে লেপতনা নকোংসিনা
নওনা হায়বম্বা ব্রাহৈনা
ইফমদগী  পাউখোংসু চৎখ্রবদা
নিংশিংবদি থম্মোয়দা লৈহৌরি
নওনা লাপথোকখি ইনাক্তগী
অনৌবা অশাগা লোয়ননা
য়াইফবী ওইয়ুকো পুন্সিদো
অরোইবা কায়নবা খোঙফমদা
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

মথন্তা লেপচবা ঙমদ্রবা
হে ইমা লৈপাক
চুম্না য়ুংখিসি ফিরান্দু
অচুম্বা নঙদি লেংফদে
য়াদে হায়দোকখো থৈদোকখো
মাইবা পঞ্জি তানৌনা
লোনথোক্লবা ইমা লৈপাক
লেংদনা লৈরো চানবী
পুন্সিগী নুমিৎনা তারমদাই
মঙানসু মমি শাম্নবা
অরোইবা ওইনা লেপখো
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

পোমশাৎনবী লৈবাং কযানি
তনৌববী লৈবাংগী নুংশিবী
খোইমুনা লৈহিদা ঙাওজবা
চেক্লা কযাসু পাইবকখিনি
লৈবাং শাৎকাইবো হাইবগুম
অযুক্কী নামিবা শাহুমদা
খোইমু ঐসু তাজগে
থেম্লনু নুংশি হাযনা
খোইমু নতাং তৌবনু
লৈবাং খুদিং মীহৌবা
পামজদে ঐদি কিজৈনে
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

লাক্কনি অকিবা লিশিং
খন্থহৌবা মীকুপ খুদিং
থিনলুনু খোই মহুমদা
খোইমুনা ঙংদুনা পাইথোরক্কনি
লাঞ্জদবা মীওইদা চিকপীনি
পৌ নমগনু অমথক্কী
অমংবা উমং তুম্না
নিংখাইদৌবা ফুরা শারুনু
মালেম্বু ওমগে থল্লীবা
কোক্তুগী অশাগী লৈতেংনি
নুংশিবগী খুৎলাই শিজিন্নৌ
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

কৈদৌঙৈনো অৱাবা কোক্কদবা
শন্দ্রেম্বী ইমা খৌবি
কুমজ মশিং যামলক্লে
অৱাবা কোক্কদবদি হৌদবি
ইবাংগী পোৎলম্ম্রি পুবিসে
পোৎলুমসি থোক্তুনা কান্নবোই
পোক্লফম ইমা লৈপাক্কীদমক্তনি
ঐনা ৱাবা খাঙলিসি
নমা ঐগী খল্লুনে
কোকসিসু মচেৎ কাইদৌবে
অৱাবা কোকহনবীবা মীওইবা
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও।

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

থব্বান থানা লোয়খ্রবা
লাংবন থান যৌরক্লে
কোবৌ থক্কী থব্বাইশিংনা
মালেমদা মীযেং নাযেং
লাইজ ঈশিংগা তুংইন্না
যুমথোং খুদিংগী ঙাইনবি
হযিগী মীংথৈ শক্লবি
শাবী শানৌশিংনা ইথক্তা
মচু কযা ফিজেৎনা
থম্বালনা যাঙদৌ সোবোক্তা
লৈবক কোংশং পুম্বা
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

তাইবং পুন্সিগী অয়ুক্ত
নুমিৎকী মশেক্ত উবদা
ফুররে অনৌবা মাইথোংদা
হৌগৎলো ঙন্তা পারিখোই
নুমিৎনা নশাদ নন্দরিঙৈ
অহনগী য়াথং লৌনা
চিনফু মাইতেংলো অহনবদা
নথৌ শিচ্ছা পাংলো
পাগদবা নোংমগী পারো
পুক্রিং চংবা মীওইবা
নোংমগী পরা কাওগনু
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

ইমাগী মাইথোং মকশিন্নী
অহানবা হেক উরুবদা
নুমিৎ খুদিং অমোৎপদ
নমথিবা, ফিজেৎ ঙাক্তা
হিযাংগৈ থান লাকপদা
তানিংদ্রে ওকত্তো মখোন
শিংজা যৈববে নাপ্পদা
তোংবগা ভবা হান্না
পি কলেজা অমদা
মাংদা যৌনিংবন পম্লুং
তান্নবীবনি অথোই অহেন
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

মশক মুনা খংলকই
নুংশি ৱারিনা কোন্না
থম্মোয়দা শেংহনলক্লে ময়েক
নুংশিবা কাইনখ্রবগী তুংদা
মচা মচা থৌদোকশিং
তুবেনগী লাইজনা তৎতবগুম
ওইবম্লবদি নুংশি মবি
খংল্লকই হৌজিক্তা খংলকই
মতিক মযাইশিং লাক্কদবা
তামখ্রবা নুংশি খোঙ্হুন্না
তম্লকপদা য়াওদবা পরানি
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

থম্মোয়না নঙবু থাজকব্বা
অহাননবা মীকুপ অদুদা
হৌবক্লে তানিক্লা কপ্পা
ঐবু ব্রাহনলিবসি নঙননি
নঙগী পেনদবা যাব্রনা
ইঙ্খোক্কে খল্লিবা নুংশিবা
নুংশিববু তাৎলা সিবো
মীনোক্কুনা চাকহল্লি ঐবু
চৈনদি অদুম ফংলি
নঙগী শরুকসু যাওবি
ফংলোই খনলুনু নংসু
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

ঙাওশিলক্লে কোক সুম
মিৎসে উইশিনবা য়াদবে
অহিং অসিদা ঐনা
খ্বতুবু থুগাইবা তাবববা?
ডাক্তবগী খুৎকপ্না হেনবগীবা?
অৱাবা পবিবা ঐঙোন্দা
চাববদি খবা ফাবদবা
নিংশিদুনা অসুম অসুম
অহিং অসিনা পুংমাসু
ৱাখনগী ইথক কযা
কবন্বা নুংশিবগী মহৈনো?
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

পালরদা চংলুবদা কাতিনা

কম্ভুনা শম্ভু ওম্ভোকপ্রে

মহৌশাগী শম্বুলদো ইহাং

মিংশেন্দা যেংলুরে তুবৎ

লুখম্না হান্না উরি

চৎনবীসে মতম কুমগীনি

ওম্ভবা ওমদে উরম্বদা

চাওই চাওই অপাইবনা

পালব নওসু চাওই

পোইনু থাদু মঙাইনা

যেলহৌঙেগী শম্বুলদো ফজবনিদা

থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

ঐ য়েংলিসি ঈশিংদনি
ঈমিৎসিনা মী উনবা
অমম্বা অহিং লৈত্রবা
থোক্তুনা উৎলবা নুমিৎনা
ঙাইবিদি মদু নত্তে
ঐগী মতম খরনি
অসিনি ঐনা কিজবিদি
ঐনা খঞ্জরিবদি পুন্সিনি
পোক্লকপনি অচুম্বা লম্বীদা
ঈচেন্দুনি অচুম্বগী ঈপাক
ঙমনিংবনি মতমসু ঐনা
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ❀

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

হু চেলবা লৈচিন্না
নিংশা থিকৃবে ঙাইহাক
ফুটখাইমুক ন্নাংনা
লাইতসু চংতবে লৈচিন্না
ঈফা ফাজিন্দুনা লৈবগুম
গ্লাসতো লৈচিন্না পুঙৌ
নিংশা থিকৃবে ঙাইহাক
ফুংলে হুমাংনা ঙানলে
হকচাংসে ঙানলে হুমাংনা
অকোযবসি পুন্নমক মমলি
হুচেনবা লৈচিন্দু লৈবে
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

ঝাঁমৈগুম ওমলকখি ঝাঁহৈদুনা
চাক্লক্লবা ঝাঁহৈদুনা মৈবিথোক্লা
ঐগী ইশাগী অকোইবদা
পামজবা নওনা থাদোকপা
ঐগী নাইতোম অমগুম
ইশানা ইশাবু যাজনা
চান্নবী নওনা ওৎখিবদো
ফিজংগী মকমদা কৌবকখিবদো
নখুৎ হাযফেৎ থাংগৎতুনা
অচিকপা লমহাংদগী ঐঙোন্দা
নওতননি নুংশিবা হেনলিবা
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥ ❦

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

হা লাংলেন ঈশৈ
লেপখো নঙগী ঈশৈদো
কৈদনো ঈশৈনা চৎখিবা
ঈমুঙদা নঙনা লেপ্লগা
লাকখো চান্নবী নঙ
লোম্থোক্তবা ঈশৈ লেপখো
হাপখো শৈবেংগী থব্রাই
নখোয পুন্না লৈবিঙৈদা
শেম্লগে নুংশিববা ঈশৈ
মযেক কযা হাপতুনা
নঙগী মযেক্তুনা লেপতনা
মালং শাহ্মগা লোযননা
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

হৌজিক ঐনা পাম্লক্লি
তপ তপ তাহন্নিংলি
ঐগী পি মতুম্না
নঙগী নিংথিরবা লাইবক্ত
হায়থরকপা শম্লাংগী মরক্তা
লৈতেং ওইনা মতুম
অরং অরংবা ফাওনা
তোমথিন ঙাম্না মাইথোং
ঐনা নংসি নুংশিমন্দুনা
কয়াদা মথোং চাদ্রিবনো
ঐনা পাম্লিবদি নুংশিবনি
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

ইখুৎশিনা লম্বা ঙমদ্রে
হৈথোই শিংথোইদ্রবা নাপারিনা
ইচিন্দগী থোক্লকপা নুংশিবা
ইপুক্তগী থোক্লকপা নুংশিবা
অচুম্বা নুংশিবা ব্রাহৈ
ঈ মবিগী কৈবাকশিং
হে ইমা লৌবীয়ু
ঐসু নুংশিবা নপারিনি
যোকপী হৈবী ইমানা
কোনবীয়ুকো নথাদা ইমা
অমুক্তং থিনগৎপীয়ু অব্রাংবদো
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

লৈবাং মপৈনা লৈমাইদা
মালং নুংশিৎনা ফুথবীবে
শাফু কনমল্লি মালংবা
ঙবাংগী লৈবাংদো কদোমদা
পুদুনা নুংশিবা লৈনমদো
লুখাক কোমদা তাখ্রবা
অসিদি লৈশাং তমদবে
থিজবি নপাবিনা নুংশিবদো
লৈপাক্কী মনম মুৎনাইদবদো
ফৎত্তা হাওদি হাইদোক্নুনা
ফংবা লৈতে নুংশিবা
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

লৈচিন্না জগোই শাবি

থাজসু মেংনা য়েংলিযে

অতিযাগী লমহাংদা লৈতেং

চেক্লা কযা ইখৌলাংলি

উমাইবিনা মশা খপতুনা

মালং জগোই শাবি

ইমিংশে কুপতনা যেংজৈ

ঐসু ওইবম্লবদি উমাইবী

মখোযদৌনা ওইনিংদে মীওইবনা

ব্রাখল লিশাং থাদুনা

নোংইনগী থাজনা ব্রাজবগুম

থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

অতিযাগী লম্বী কাযদে

বেললম্বীসু অদুম মঁবৈনা

চাকা পানবশিংগী লম্বী

লম্লোং কযা ফংবা

অকুৎপা অতোংবা লক্তা

নুংচেক নুঙ্গাই থননা

তাইবং পুন্সিগী লম্বী

লম্বী চৎলুকো হৈনা

খুজিন্না শিক্লা শিক্লা

শাজৎনা লমচৎ শেম্বনি

অরোইবা নোবোক্কী কোমদা

থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

ঐসু মীনি মী
মতমসিগী মীওই অমনি
কৈদৌঙেনো মীরক্তগী লাপথোক্কদবা
ঐ বিখারিগী লম্বি
নুমিৎতো অমুক লাক্লরোই
কননা কনাসু উহৌদে
ঐনা ফংলবদো কৎচগনি
হায়বা শেনফমদো অচুম্বনি
ঐসু অদুখক লৌবনি
মতম সুকলৈ লৈতবদগী
পাউসিনা তাখ্রবদা ঐবু
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

নঙসু অঙাওবা মীনি
করিগী হোটেন্দা চৎলুবা
চাক পীয়ু হায়রিবা
ৱাহৈদো ময়াম্না তাবিবনি
চা বোরা পীয়ু
নঙসু ঙাওবা মীনি
দুকান্দা করিগী অমুক
ঙরি পীয়ু হায়রিবা
ঙাওবাগী জাৎলা নঙসু
কুইরা কুইবা মীসে
অঙাওবা মী য়াম্লকই
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ❦

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

কৈথেল লাইরেম্বী ফৌওইবীবু
মথৱাইনা পাম্না পীবিদ্রে
শঙ্গাবদগী ফম্বাল পীবিদ্রে
উঁদে নিংশিংদে ফৌওইবীবু
লৈপাক্কী ফৌগৈ লৈম্রবরা?
খোইরেন তৎপা তৎলমদাই।
কুমজা খুদিং ফৌগাং
থৌশাবিদ্রে ফৌ তাইবংনা
ৱাৎতা পাদা ইরৈপাক্কী
মীওইবনা মংসিন্নবীগনু তাইবংশা
লাইনা শেম্বা ওইরম্বনি
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও॥

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

অমম্বনি মীখাল্লা পুমনিল
মশক উদবা খোঞ্জেল
লাউরি ঐসু তায়
অহিংনিনা হৌনা মাইকে
তুম্বা যাদে খোঞ্জেন্না
চরাংনরবা খোঞ্জেন অদুনা
পামদা পামদা লৌরে
অচুম্বা মণ্ড অমদো
অকিবগী মণ্ডদগী অমা
উপাই অমনা শিনবা
মণ্ডসিদগী উপাই অমনা
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ঌ

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

ঙানা ঙাইহৌবি নোংঙানবদো
ঙমদে লাকসিনবা মতমদো
খঙনা খঙনা ঐনা
অদুবু চৎখি খোংচৎতি
মঙকিদ্রি লোইনাইদ্রবা তাইবং
তুমদুনা লৈববসু অদুঙাই
লাকখিনি খন্না নোংমা
নিংশিংলি চেৎনা কোন্দুনা
মঙ নিংশিংলি মঙ
মঙাল ফুববা নুমিৎকী
মালেম ইমাগী মপাও
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

কাওরেনশিংবু তান্সিঙ্খি অশোংবদা
সনলুপ খাগা ঝাংগা
খঙহায খঙথিন হায়
ঙাংলি শক্তি লাওরি
হুইখোন্না ঈশৈরা তাদে
খঙদবা মমি তম্লম্বা
অশোংবা অকাইবগী মতাইদা
যেংলগা পেঞ্জবি মপুনা
ঈশৈ ঙংবা মীওইবা
মোমোন মোমোন শক্লবি
মথন্নাই কযা হরাওনা
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

মানা লাকপা খুদিংদা
খুদোল কয়া পুথি
নুংশিবগী মফমদা পুনলপ
কাইনদ্রিঙৈ কযা নুংশিবা
খল্লুদে অসুম্না থোক্কনি
তমথিনি খল্লুদে মীওইবা
অহিংবা লাইজগুম খল্লুবা
মৈশাগী সুব ওইবম্লে
অপংবা ঐগী থম্মোয়
ম্রাজহৌবে ঐগী ইবাল
খাংহৌবে মৈশালক্তা
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও॥ ✍

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

নাইতোম্নি নৌ হিশি
চান্নবী নখোয থনি
হোৎনমিন্নসি নুংশি হিনাওসি
নং ঐতা নত্তনা
হৌজিক যেংলবো পাত্তা
অশংবা থমলা লক্তা
নৌ পাইযু চান্নবী
ঐদি খুৎননি নৌশাবিবা
তিন্নববা ঐগা নঙগা
মীযাম লক্তা ওইবসু
ঈপাকসে তবং ওইবক্লে
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

ফৌসু খোনসু তাখিদ্রে
শক্লো ঈশৈ চান্নবী
ঙংলো ঈশৈ চান্নবী
মখৌ পোংনা পোংনা
শকখিবদায় ইকোন মপান্দা
অদুগুম্বা নিংশিং ঈশৈ
যেংম্নিংথা নোংজু থা
নাপ্পদা তাহনখিদো নংনা
নুংশিবগী ঘা কাইনবগী
পিরাং মতুম তাখি
মলেম'সিবু নুংশিরকপগী
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

লৈশ্ত্রবদায শমাই নদোম
উবগা খুদোল পোৎ
কৈদৌকনি মীচেন হাযগনি
মৈচাক্তবা অশোংবা নাবক্তা
অমুক্না ইকং লংশিনবা
খুদোল পোৎ পামলুবা
মীহৌবগী নৎতবা নওনা
থমোযগী অশেংবদুনা উৎলি
শাফম্না হোংত্রবদা উৎলি
মমল যাওদ্রবা খুদোল
মৈবি 'নুংদা চাকখ্রসনু
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥ ❦

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

হো লৈচিল লৈচিল

নিথমগী নুংশিৎকী লৈচিল

কোরৌগী মৈশাবু নঙনা

ফাজিন্দুনা কয়াম কুইনা

থমগনি তাক্লো লাও

মনিং তম্না পাইসনু

পাযবা ঙম্নবা হোৎনৌ

হনু হনাসু লাইহৌ

খম থেংলে ব্রাবদা

কযাম কুইনা পাইখিনি

নঙগী পেন্দবা লিরখো

থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

তম্বীযুকো তোইনা নপাউদো
মফমদুগী লৈহাওদু চৎলগা
নুশিবগী মপাউ চেৎনা
পীবুকনুং যৌনবা তমখো
ঙাইবম্লনি নুংশি ব্বাবি
পুখ্রিগী ময়াদা মদোম
তানৌববী খুৎশানা সনাবুন
মংলান্দা উদুনতা লৈবে
নঙদি কোইনা চৎপনিনা
ঐগী ব্বাবসি উররিনি
নুমিৎ খুদিং থেংনরমগনি
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

কায়নখ্রবা নঙগী তুংদা
নোংমা থেংনখি লম্বিদুদা
ইখঙ ইখঙ খঙই
হেক উরুবদা মতমদো
তু খ্যাউ চুংই
ইকাইবগী মীংয়েংদুনা লৈমায়দা
মশাগী শতিন্না খন্দুনা
নোংলক্ত পৈরি পৈবি
মহৌশানা ইকাই থিবীনি
থম্মোয় নঙগী ৱাহং
করি করিনো খঙদে
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

ঐগী থম্মোয় কায়রে
তাইনতম খণ্ডদে উপুদা
তাইবং কনাদা তমলুনি
থাজনা লাইরেম্বী কনাদা
নঙসু করেম্নে ঐঙোন্দা
ঐবু মিকিথি অমদৌনা
কপলিবনি থম্মোয়দা তুমিন
পুমচোৎ চোৎলি মোনসু
ঐ হায়দোক্লোই নংঙোন্দা
ঐনা থোকহন্নিংদবনি ইমাংদা
তাইবং মৈশা লাংহন্নিংদে
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

ইকপচশিং তাখো ঝাসি
ঝাহে অসিমসু খঙখো
মীনসু যাবা লাইনসু
ইমা লৈপাকপু নুংশিবি
মতম্বাক্তা চাওখিবসু নিংশিংলি
মসিমসু কাওগনু নখোযনা
থোইনা  ইমাবু নুংশিজে
ঐসু পার্মজে নিংতম্বা
থমোয পান্দবদৌনা খনগনু
ঈবৈপাকপু নুংশিদ্রবা মী
মীবেমখাক্তি হায়গনু নখোয়না
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

মালেমগী তুংগী যুমম্বীশিংসে
মহিক্না লোইনা চিক্লক্লে
মশা পুম্না থুংদৌবে
তুংকোযবগী আশা ঙম্লবোই
উবিনি নমং নহাদা
ইমা লৈপাক্কীদমক্ত
অমুক্তং কলহৌসি লাও
ইথৌনি ঐগীসু খন্দুনা
থোবক্লো থোবক্লো মীওইবা
তুংগী মীবোনশিং চোকথনু
তনৌববা যুম্বীশিং কলহৌশি
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

ঐনা পামজবা ফংদরি
ঐখোয়গী হুমাংগী মতেংনা
শিংনদুনা লেপ্পা ওম্লোই
মীতোপকি হুমাংদো নত্তে
ঈগী হুমাংদুনি নুংশিবা
হি য়াই ওইগদবা
পুব্বারিনা তাকপী তম্বীরম্বা
লেম্না খক মাংলোই
হুমাংগী মতিক খংনগনি
লেপনা মমল ফংলগনি
তাইবংনা শীজ্জারিবা হুমাংদুবুনি
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ✍

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

মীওইবগী খ্রাখল চোইববীদো
সনা কৈথেলগী চিদাইদা
পামেনগী উকমদা ঙাদুনা
ঙাদুনা ফামুংদৌনা নুংঙাইনা
মীওইবগী খ্রাখল চোইববীদো
মখোযগীদি হোম লৈতববা
কনাদা হায়রুনি চোইববীদো
কৈদৌঙৈ ফংগনি মখুৎনা
ঐনা লাই ওইরবদি
লুখাক্লা মপুক থন
য়েংবীদে হেন্না তুকচরে
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

লাংবন থা লাক্লবদা

লেমলৈ ঙাসু ইরোইননা

চাক্লা নেম্বা থা

লেমলৈ ঙানা ৱাংবা

অথৌবগী থৱায়শিং থৱায

হি হোন্দুনা কৌনদুনা

লাংবন থা লাকইবা

খোংজোমনুবীগী থৱাইদি য়াওদ্রে

ধ্রুবা তরাগী থৱায়দি

উদ্রে উদ্রে হিদসু

হনলকখো কুমজা'সিসু

থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ✍

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

কাং শান্নবা থোইবী

কাংখুৎ তবেৎনি থোইবী

তোবোসু খুৎ তবেৎনি

লম্বা মশিং তবেৎনি

থোইবীনা কাংমাই খাদা

তোবোনা কাংমাই অৱাংদা

কাপ্লবা হৌনখ্রে থোইবী

তোবোগী খোইজুগুম্বা শন্নাং

মবোন খোইজবিবা তোবো

লাই ফদিবিগুম্বা তোবোনি

কাং পানবা খুদিং

থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

হে থৱানমিচাক ও
নঙান্না মালেমদা পীবা
কোথি যেংউবগনা পত্তান্দা
খোজোম নুবীদি হাযদে
নোংমতসু মালেমদা লাক্তে
মালেমগী নিংথিবসু উবম্লোই
যৌদ্রববা মালেমগী মপাউ
থৌবাংলে মালেমসে কুপশিনগে
ফত্তবা গ্যাসনা অমুক্তা
যুথক কযাদি ৱাংখবে
ই-মেন হাংবীযু
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও।

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

ঈ শেংদোকদবনি ঐখোয়গী
মথক মখা চামথোক্তুনা
ঈ তাবম্বশিং চেল্লিবা
শিংলি নাউবি তোংশা
মী ওইবগী ব্রাহন্দোক্লা
তাইবংগী ওইবা নুংশিববা?
ঈমা লৈপাক্কী নুংশিৎসে
অমংবা নুংশিৎ ওইহনশি
থম্মোযগী শিংলিশিং শেংলসি
ঈ মবিনবু তুদেংলশি
তাইবংদা চেল্লিবা ইচেল
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

কনানো লৈহৌগদৌরিবসি তাইবংদা
নুংদা লোয়না লোয়শিনখ্রে
মতুং ইঙুবা কয়াবুসু
কনা কনানো লৈহৌগদৌরিবা
মালেম ইমাগী মতমপাক্তা
থাংজিং পুংজাও থিন্দুনা
খুৎতা শাজৈ পাযদুনা
পীবক্লি চৈবাক তাইবংদা
মিহাৎ মিশিগী ব্বারোইপুং
মীহাৎপুং ওল্লক্লিবা সিগা
শেংদ্রবা ঈ মশেল
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

কেনখ্রবা উনদো লৈমাইদা
পাম্বীনা তেংথা   কপহৌরি
হৌনা খোঞ্জেন মালেমদা
নিংশিংলুবদা যেন্নিংথাদা মহৌশাবু
তাইবংগী মীনুংশিনা হেন্না
কোইপু কোইপু পুবিবা
কংশিল্লক্লবা মবি মতানা
নিংশিংলক্লি অরেপ্পা লৈতনা
হৌরকফম উপালদুবু য়েংদুনা
লৈরাই মপান্দুদা চংদুনা
তনিক তনিক মতৌদো
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

লৈচিন মপৈ মপৈ
তোৎশিন্নরবা অমোৎপা মপৈ
অনৌবা য়েন্নিংগী উনশিংদা
শাফু কন্না ফুখিবনা
লমতাগী থানিন্দা নিংশিংলকই
শোবোক ময়াই থক্তা
শংবান্নবা মচুনা লৈতেংবা
উফুলগী মপৈনা ফুবৈ
শাফু কন্না ফুরে
কেলহৌদবা উনশিংনা পেন্না
পোমশাৎনবা লৈরাংশিংদা ফুরে
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

কুমজা কযা হৌখ্রে
হৌখিবা মতমদি কল্লকই
থম্মোযদা নিংশিংদুনতা মবৈবি
ঙমদ্রি মাংহনবা নঙতনা
নোংজুনা উনলেন্না নুংশিংনা
নিংশিংদুনতা লৈবি থম্মোযনা
তেঙ্গা কাযদনা লমখাংদা
খনখিনি পুন্সি চুপ্পা
নিংশিংখিনি নুংশিবা ও
মিত্তা পিবাং চাদুন্না
নিংশিংখিনি পিবাং চাদুমসু
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

যুমগী লৈমগী পাউতাক
পুকমেন পাউমেন্নবা অদুক
তাজ উজনিংঈ পাউতাক
মচা মশুশিংদা ব্রাবকপা
সঙ্গা ফত্তবা তিন্নগনু
যৈখায থিনগাযবা যাওগনু
লাইব্রেবি মৈ থাবসু
স্কুল মৈ থাবসু
বস থুগাইবা যাওগনু
নমদুনা পৈশা লৌকনু
মীবু নোংমৈনা ধমকা
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

ওইসনু পীপা লক্তা
ওইসনু লৈমা লক্তা
অচুম্বগী ফিবাল পাইদুনা
হিংশি ঐখোয় মখোংদা
মীয়ামগী লুচিংবগী মখাদা
তাইবং মীওই লোনচৎপু
মশক তাকপা ঙম্বা
পী পা ওইযো
মালেমগী মীয়ামলক্তা
ইচং থৌনা হিংবা
অচুম্বদি লেংদবনি তাইবংদা
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

ঐদি খংই পোৎতু
মচিন তুম্বা ইশিংনি
হায়বা ঐ খংই
হু চেনবা তুরেনগী
ইচেন্না চিংজাও নুং
লৈপাক চেন্থবক্লি মথং
লোক্তাক পাৎ পুমলেন
ৱাংজিং তুরেনগী লৈঙোইনা
লৈতেমলক্লি ইচাও খুদিং
পুথদুনা অকুৎপদা লৈঙোই
লৈঙোইনা হাজিন্নবা ইচেন
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

খঙনা চান্নবীনা ইচাশিংনা
ঙম্না ফম্নখ্রে লুকমাই
খুলাংখাং কৌখ্রে লুকমাইদা
কুপ্লী তেংথা তেংথা
ফৌওইবী লাইবেম্বী ইমানা
সনা কৈথেল অচৌবদবু
পীবীদে লুকমাই ফমফম
ফৌওইবী ঐগী ফিদা
কৈথেল খুদিং কপ্লি
কপ্লি তেংথা তেংথা
তাইবং শিংনা খঙশিন্নদবে
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

যাহৌ ঙনবা শেন্দ্রাং
সুক্লা নম্লি হাযবা
ঙন্না থোংলুবা চাক
নিক্লকখি মালেম ইমা
যুহাব হাবে হাবে
চাক-ঙা চাক-ঙা চাক-ঙা
চাক হেল্লি ঐসু
ইমা নৈপাক্কী ব্রাবদা
যেনহেনবনি ইমাগীদমকসু ঐনা
মহৈনি ইমাদ কৎথোকপনি
সবক্ক যাবনি অব্রাবদা
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥ ❧

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

পাউনা ব্রজবসিগী সনাথোং
পেনল্লিদবা পাল্লিদবা মাসু
মথোন লোংবা সনাথোং
হেক উকস্বামক্তদা সন্নথোং
শ্যাদৌবে তাবদা অকোইবদা
হৈকোন লৈকোন পার্ক
তর্পন কৎপদা অথোইববা
লাংবন থানিন থাজদা
অথৌবগী থব্রাযশিং হৈকাইখুম্নবীবে
তর্পন কৎচবিবা থব্রাই
ব্রাৎপা যাওব্রা থব্রাইশিংবু
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

থম্মোয় শেংলবা ঐগী
ঈগী মরুপ মপাং
ঈরৈমা ঈখৈ নিংথৌদা
নুমিৎতো শাখি থমদুনা
হে নুমিৎ পনচুম্বা
হৈশোয় তর্পন কৎচরি
হে অথৌবা নংগী
কুমজা খুদিং কৎচগে
থৌজান তাহেনবীগনু মীওইবু
হে নুমিৎ নংনা
চেং থোইজিং হৈরম
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ✍

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

কোইচেন চেল্লি নোংলক্তা
নোংসু লেপতনা চুখিবসিনা
পোৎপু ফাগদ্রা সাতিনবু
পুমচোৎনি ঙাইহাক্তুদা ঐসি
খোংলকসু চোৎলি ঈশিংনা
নাহেদুনা চৎলি থব্রাযনিনা
অহিং অহিং চুববসি
কৈদৌবগে নোং নংসু
চবৈ থুংদবা পীদোন্নবশিং
মফম পীযু লাওবিবা
উপাই লৈত্রবা ঐখোয
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

ফম্মু ফম্মু ফম্মু
লুকমাই ফিদা তিংথোক্তুনা
পোৎ য়োনবা শেম্লি
কৌদবি খুলাংখাং অন্তসু
পীরোই শেখায় লৈতে
ঙাইহাক চপ লেপই
মাই লৈথোকই পোৎযোনবী
নংসিমা ঐ হল্লক্লরোইকো
নোংমগী দন্দিনি শেনখায
শিংকে শিংলোই তোকউ
পীদবা য়াদে শেনখায়
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

কনা লৈরি অশিংবা
অমুক লাউরম্মী ঐনা
অশিংবগী লৌ তমজগে
গুরু দখিনা কৎচগে
কাখৎপরিকউ ফিদা অসোমদা
ঐগী খুঙ্গংগী ইরমদমগী
চেঙ্খোনরকখি য়ুমলোনবা কয়া
ঐগী লৈতজবা ব্রাখন্দি
ঐনা ব্রাংনা খঞ্জরম্বা
মীয়ামগী ইহৌদু নম্ভে
মচেৎ মচেৎ কাইখ্রে
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও। ✍

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

চাক্লকখি চিংগী লাংমৈ
মালং শাহুমগা লোয়ননা
তাঙ্গোয়না তারংদা জগোয়
জগোয় শার শার
লৈনা লৈনা পাইরিবা
উচেকশিংনা কোইপাই পাইরি
পাইথোকই অতিয়াদা মচাগী
মৈদি করিসু খাকপীদে
মালং শাফু হাপখ্রে
লাংমৈদি থম্মোয়দা চাকপনি
উচুক্লা লৈত্রক্ক চংদুনা
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

অৱাবা চামা খাংলি
নুংঙাইবা চামা তাল্লি
তেংথা খোন্দি তোক্লো
যাইফ নুংঙাই ৱাখন্দা
মাংগী মম্বী হংলনু
পুক্সিগী লম্বী চৎপদা
লেপতি লেপকনু খক
তুওইনা চিন্তগী ৱাবু
তৈথোক্লা হুমাং নমাইদগী
পামেন উরুম তাংনা
লোক্লসি য়াইফা মহৈ
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

নংনা চৎখিবনা হানখ্রবা
তুংগী মীবোলগী পুন্নারি
থম্মোয়দা ওমদুনা অদুম
অদুম অদুম অদুম
তাক্লমদ্রবা পুন্সি লম্বী
লম্মাংনখি তাইবংলক্তগী
অঙ্গো চিংগী নপোমদা
নিংশিংলি অথৌবা থৌনদু
ঙসিসু পীবম্মু খুত্তা
মালেমগী য়াইফবা অমগী
সেম্পেম্বর থানা লাকপদা
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ✍

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

মতিক চাদে খনবীনু
লৈচন শুদে হায়বীরনু
ইমাগী মতমবাক্তা শাৎলিবা
লৈরাংশিং ঙাক্তনি খল্লু
ইখুৎমক্লা হেক্তুনা কৎচরি
য়েন্দাই থন্না পুদুনা
অমুকসু লৈকৎচবা ফংহনবীয়ু
অসিদংনা লোইবা নত্তে
পারি মশিং সুদেসু
নুংশিবা থম্মোয়গী ইফুৎতুনি
কৎচগে মপোক কুমজদা
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

হরাওরে নুংঙাইবে লাইবুং
সিদগী হেন্না নুংঙাইবা
লৈবরা লৈবনিদা লৈবনিদা
বন্না ময়ুং কাবা
ব্লোকেতনা মফেন চনবা
জে এ সিনা চরোং
চাকখুমদি মীরাংগী মকোন
গ্যাসতি মীবাং মপৈ
তেংকিদি দুকান্দগী মমলদা
পোম্বী ব্রাখল তৌজহৌ
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

শোনশি শোনশি ইমা
যোৎখি থব্বাই পানবা
অশাওবগী ইরোম্নুংদা
তিনখি তুমিন তুমিন
কোংঙোন তাক্কুম তাক্কুম
মালেম নংগী নতমপাক্তা
চয়াম পোকপী পৃথিবী
পুবা ঙমদ্রমাল্লে ইমা
সাইন্সকী খোঞ্জেন তনিক
অদুবু ইমাদা তিঞ্জবনি
ইতিহাসনা হায়বিবনি ইমা
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

চাহৈদবা চিঞ্জাক চাবক্লে
উহৈদবা কযা উবক্লে
তাহৈদবা পাউ তাবে
ঈ তৈববা মনিপুব
সনা লৈপাক মনিপুব
উফুল ওল্লে ইমাও
মীহাৎ মীপুন্না ৱাইগুম্লে
বনগী চবোংসু তৎনদ্রি
ৱোকেৎসু মনম নমথিবনি
নতোন মেন্দুনসু যাবোই
ইশাদা হস্থনা যেংউ
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও।

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

হিবান্দা ফম্লগা তেংথনা
নৌরেন য়াওদনা হিমাই
অমম্বা ইপাক্তা ইচেন্দা
ঐ হি হোনবনি
পোকপগী মমল য়াওদ্রবা
পুন্সিগী অম্বাবগী লম্বীনা
লাইরিক হৈতবা মীৎতাংবনি
অমুকসু মহৈগী লোইশংদা
হংলুসি থিরুসি ঐখোয়
ঐ হি হোনবনি
পুন্সি খোংচৎকী লম্বীদা
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

খঙদবা হংবদা কিবনু
হৈতবা তম্বদা ইকাইরুনু
অচৌ পীশক লাইবা
খাইদে শাগে নাতে
মহৈগী লম্বীদা খাইদে
লৌশিংগী পুক্কেদা মেনশিন্ননি
পুক্লিং লৌশিংদি য়ুমফম্নি
তমলুসি লাউ অখংবদা
শৈহৌগী ঈশৈ ঙংলুসি
শিন্দমলুসি লাউ মখোয়দা
চৎলুসি মহৈগী লোইশংদা
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

লৈবক কোনশাং পুম্বা
হিযাঙ্গেগী নিনি পান্না
নঙগী নুমিৎকীদমক্তা নুংঙাইবা
নঙগী লৈকাইদা ঐনা
চংলকপা ব্রাপন মখোংদা
থাবনগী মঙান্দা মী
চৎপা উবগুম তৌবি
চান্নবী নঙগী ব্রাবিদো
নঙগী ব্রাবিনি থাশিগী
তম্লোই খাঙবা কনবীনি
হুইনা খোংলকপগী মখোন্দা
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও।

## থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও

পালেমগী শঙ্গাইসি হাংলনি

পালেম নওনা চংখ্রবদা

গ্যাসকী মৈখু মরকসিদা

পালেম ইমা ইমা

শঙ্গাইসি তবক তবক্লা

ও লাইনা ঙাকচনি

ঐগী পালেম নুংশিবী

সনা কৈথেল কাদুনা

কোবী হঙ্গাম য়োনখিবা

কোবৌগী নুমিৎসু চাইখ্রনি

শেন্দোযগা শেল্লেপকা কোম্নরিব্রা?

থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

লুখ্রবী লৈপাক ওইরনি
সুম সুম খন্নরগা
নুপা মখৈ লৈত্রতুংদা
লুখ্রাবী লৈপাক ওইরনি
ঐনা হায়বা নত্তে
লাইনা হায়বা ৱানি
নুপা শিরে তাবদা
নাম শোনবা মচেন্নে
হায়হৈদবা ৱাহৈ ঙাক্ত
য়াওবনি হাইদবা মতমসিদা
ৱাহং পাউহংদুনা লৈরসি
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

নৈহৎপীরবা ঐগী তাইবং
তেংথাবি ইদোম তারক্লা
লমফাংলবা অহিং তাংলৌদা
কায়ববনি অহিং তুমখুনসু
নৈহৎপীরবা ঐগী তাইবং
হে পুন্সি পেল্লু
ঝানা লেল্লু য়েকখ্রবা
অঙৌবা চেনালক্তা তাইবঙ
হালেংবা লৈতনা চৈথারি
শা হাৎপগুম হাৎলি
নঙদি নভ্রা ঐগুম্বা
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

কৎথোকপনা হেল্লি মহৈগী
পীথোকপা হৈবা মী
তাকপীবদা ম্বাংতবা মীওই
তুবেল লাইজগুম ম্বাংতবা
ঐবু তম্বীবনি মকনা
অমম্বা মীৎপু উহনবীবা
মীথোইবনি কৎথোকপদা মক
কবম্না ওইবোই লমজিংলেন
থোনা হেনা নযাইনি
লাইজগুম অতৎপা লৈতবা
পীনবা তাইবংনি মালেমদা
থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫৫

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

থম্মোয়নুংগি নুংশি মপাও
নুমিৎ চৈশিং ৱাংতেদো
লোইদাম থাজসু শুইদো
থৱানমিচাকসু মশিং শুইদো
শিংতেক মশিংসু ৱাঙ্তেদো
অশি থোংসু থিংবীরো
অচং থোংসু হাংবীয়ো
খুঞ্জাও লৈচাওবা পীরম্মু
ফমফৌ নোংথৌসু পরিংদা
অশিংবা চাম্মা খুনশেন্বা
চহি মঙাগী থৌরাংদো
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

হি ও হি
হি নঙসু হোন্দেদা
লাইরেম্বী লাইনিংথৌবু হোনবনে
হি ও শমদে
করেংঙা করেংঙা করেংঙা
লাইরেম্বীবু হোনবনে দে
হি নঙবু হোন্দেদা
খুঞ্জাও লৈচাওনবা হোনবনে
লৈপাক মরা তপ্পবু
ফমথৌ পুন্সিববু হোনবনে
পারি চাওনবা হোনবনে
ইমাগী মালেমসি পুমশংনি ॥

# থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

চৈরাক পীযু ব্রাকৎচৈ
মীয়াম চৎলুই লাউরুই
পুলিসনা থৎতুনা থমখি
তিয়ার গ্যাস কাপতুনা
ঙাংনৈ থম্মোয় শোনবশিং
চৈরাক পীবদো চেল্লদি
ব্রাতেম হৈবনা ব্রাতেমখি
তারে শিন্নবা শেনগা
শোয়দনা পীগনি ফমসু
অদুবু ব্রাকৎত্রবদি ফংলোই
লুখাক লা ওইগনি
ইমাগী মালেমসি পুমশংনি
থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও ॥ ৫

## থম্মোয়নুংগী নুংশি মপাও

পৌবা লিজাও তেক্কুনা

য়াদ্রিবসি অমুক্তদি পুনবিবো

তাবদা খম্বা স্বাই

মযাংলেন হুমাং কাই

হিমাই চুমগে হৌবক্লে

থোইবী ঐবু নুপীজানি

উশিং থওইদবা তম্বা

খমনুদি মদুনিংথৌ উবদা

ফোংনা হাযবদি যাদে

খমনু খুৎ খৎলে

খম্বা মপাঙ্গল থেক্লা

থম্মোযনুংগী নুংশি মপাও ॥

২১।৭।২০১১

খৈরে

*শক ফজবনা মগুন লেপাতে*
*কংথোকপগী থম্মোইনা মগুন*
*ওইরগা মীদুগী শিচং তাকই।*



